# রথযাত্রা

## ( কাং - চিংবা )

ইম্ফাল টোল (সংস্কৃত স্কুল) গী
প্রধান অধ্যাপক ওইরম্বা

কোংব্রাইলাৎপম শ্রীরজনীকান্ত শর্ম্মা
স্মৃতি, ব্যাকরণ শাস্ত্রী

# হিরম-লমাই

# ৱাহৈ-খরদং

ঐখোয়গী লৈবাক ঈশ্বরবু থাজবা লাইগী লৈবাক্লি। লাইরিকসিদা চহি অমগী মনুংদা হরিগী যাত্রাশিং মরু ওইনা রথযাত্রাগী পূজানচিংবা হৌনবী; মসিগা লোইন-লোইননা জয়দেব কবিগী "দশাবতার স্তোত্র" সেবাগীদমক মপুং ওইনা থৌগন তৌজবনি। করিগুম্বদা, জয়দেব কবিগী দশাবতার স্তোত্র লাইরিক ওইনা পাথোক্লগা মীয়াম পুম্নমক্তা তাহন্দুনা প্রার্থনা ওইনা সেবা তৌবা য়াগদ্রা খঞ্জদুনা মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লবা জয়দেব কবিগী দশাবতার স্তোত্র য়াওবা "রথযাত্রা (কাং-চিংবা)" কৌবা লাইরিক অসি খ্বাই পুম্নমক্তা খুদোল তমজরি।

লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা ঐগী শিষ্য পণ্ডিত লৈহাওথাবম শ্রীইবোহল শর্ম্মা অমদি ওইনাম শ্রীকবি সিংহ (লাইরিক হায়বা) অনিবু নুংঙাইবা ফোংদোকপগা লোইননা আশীর্ব্বাদ তৌরি।

অরোইবদা, লাইরিকসিবু পাবিরিবশিংনা করিগুম্বা অশোয়-অঙাম য়াওরম্নবসু চুমথোকপীরগা পাবিনবা হাইজরি।

কোংব্রাইলাৎপম শ্রীরজনীকান্ত শর্ম্মা
ক্বাকৈথেল ময়াইকোইবী, ইম্ফাল
মণিপুর।

অহানবা পন্দুপ

# চহি অমদা পাংথোক্কদবা যাত্রাশিং

চহি অমদা থা খুদিংগী হরিগী তোঙান-তোঙানবা যাত্রা তরানিথোই লৈ। যাত্রাশিংগী মরমদা ইন্দ্রদ্যুম্না হংবদা জৈমিনিনা যাত্রাশিংদু মথং-মথং তাকখি। মখোয়শিংদুদি ঃ—

১। বৈশাখ মাসদা "চন্দন যাত্রা" (অক্ষয় তৃতীয়া) পাংথোকই। মসিবু কালেন তৃতীয়া হায়না খংনৈ।

২। জৈ্যষ্ট মাসদা "স্নান যাত্রা" ইঙাগী পূর্নিমাদা পাংথোকই ।

৩। আষাঢ় মাসদা "রথযাত্রা"(কাং-চিংবা), "পুর্নযাত্রা " (কাংলেন)—ইঙাগী নির্নি পানবদগী তরানি পানবা ফাওবদা পাংথোকই।

৪। শ্রাবর্ন মাসদা "শয়ন যাত্রা" (হরি শয়ন) পাংথোকই।

৫। ভাদ্র মাসদা "দক্ষিণপার্শ্বীয়া যাত্রা"—হরিনা য়েৎতা য়াতাদুনা চেপগী থৌরম পাংথোকই।

৬। আশ্বিন মাসদা "বামপার্শ্বিকা – হরিনা ওইদা য়াতাদুনা চেপগী থৌরম পাংথোকই।

৭। কর্ত্তিক মাসদা "উত্থানী যাত্রা" – হরি উত্থান– হরিনা চেপ্পুবদগী লেংখৎপগী থৌরম পাংথোকই।

৮। আগ্রহায়ন মাসদা "ছাদনী যাত্রা"-- নিংথমথা চংলকপগী হরিদা অথাব-ফী থোনবগী থৌরম পাংথোকই। অগ্রহায়ন শুক্লা পঞ্চমীদা অধিবাস তৌগনি অদুগা যষ্ঠীদা পাংথোক্কনি। মণ্ডানি পানবদা অধিবাস তৌরগা তরুকনি পানবদা কৎকনি।

৯। পৌষ মাসদা "পুষ্যাভিষেক যাত্রা" – কৃষ্ণদা অভিষেক কৎপা– অভিষেকগী হৌনবী পোৎলম্না হরিবু, স্নান কৎপগী থৌরম পাংথোকই । মসি পৌষ পূর্নিমা তিথিদা পাংথোক্কনি

১০। মাঘ মাসদা "শাল্যোদনী যাত্রা"---চনৌ কৎপগী থৌরম – হিয়াংঙ্গৈ-পোইনু থাদা লোকপা ফৌগী চেংনা শুবা য়াম্না শাব শন্দেশ (তঞ্জা) কৎপগী থৌরম পাংথোকই, মসি মাঘ সংক্রান্তি নুমিত্তা কৎকনি।

১১। ফালগুন মাসদা "দোলযাত্রা" – লমতাগী পূর্ণিমাদা হরিনা দোলদা লেংখৎপগী থৌরম পাংথোকই।

১২। চৈত্র মাসদা "মদনভঞ্জিকা যাত্রা" --বসন্ত ঋিতু চংলকপদা শ্রীহরিনা পেনবিনবা কামদেব পুজা তৌগনি। মসি চৈত্র শুক্লাত্রয়োদশী নুমিত্তা পাংথোক্কনি।

হে ! মহারাজ ! যাত্রা তরানিথোইসিগী মনুংদা যাত্রা অমমম্‌দা নিংথীনা সেবা তৌবদা ধর্ম্ম, অর্থ, (লন্) কাম, মোক্ষ মরিসি পিনবিবা – হাইবদি ধর্ম্ম তানগে হায়রবসু শ্রীহরিনা ধর্ম্ম চাওখৎপা পিন্নবি; লন ফংগে হায়রবসু শ্রীহরিনা লন পিন্নবি; নুংঙাই য়াইফবা পামজরবসু শ্রীহরিনা নুংঙাই য়াইফবা পিন্নবি; অমসুং অরান খুভম্ নিজরবসু শ্রীহরিনা অরান খুভম্ পিনবিবা সেবা তৌজমনগী মাংলরোইদবা যাত্রা ঙাক্লি।

## মূল সংস্কৃতঃ

### দ্বাদশ যাত্রা

বৈশাখাদিষু মাসেষু দেব দেবস্য শার্ঙ্গিণঃ।
যা যা দ্বাদশ যাত্রা ঃ স্যুস্তা হি বক্ষ্যামিতে শৃণু ।।
বৈশাখে চান্দনী যাত্রা জৈ্যষ্টে স্নাপন্যুদীরিতা ।
আষাঢ়ে রথযাত্রা স্যাৎ শ্রাবর্নে শয়ণী তথা ।।
ভাদ্রে দাক্ষিণপার্শ্বীয়া আশ্বিনে বামপর্শ্বিকা ।
উত্থানী কার্ত্তিকে মাসি ছাদনী মার্গশীর্ষকে ।।
পৌষে পুষ্যাভিসেকঃ স্যান্মাঘে শাল্যোদনী তথা ।
ফালগুণে দোলযাত্রা স্যাচ্চৈত্রে মদন ভঞ্জিকা ।।
একৈকা মুক্তিদা সর্ব্বা ধর্ম্ম কার্মাথ সাধনা ঃ।।
স্কন্দ পুরান — সব্দ কল্পদ্রুম

----(০) ----

# রথযাত্রাগী নুমিৎ লেপ্পা

<u>রথ যাত্রাগী নুমিৎ লেপ্পা</u> ঃ–

১। রথযাত্রা অসি ইঙেন থাগী নিনি পানবা তিথি— পুষ্যনক্ষত্র তাব নুমিৎতা পাংথোক্কনি।

২। করিগুম্বা ইঙেন নিনি পানবদা পুষ্যনক্ষত্রা ফংদ্রবসু, (তাদ্রবসু) রথযাত্রা নিনি পানবা (তিথি) নুমিৎসিদা অদুম পাংথোক্কনি।

৩। করিগুম্বাদ তিথি ফংদ্রবদি নক্ষত্র তাব নুমিৎতুদা লৌদুনা রথযাত্রা পংথোক্কনি।

---

১। আষ্যঢ়স্য সিতে পক্ষে দ্বিতীয়া পুষ্যসংযুতা —স্কান্দ

২। ঋক্ষাভাবে তিথৌ কার্য্যা সদা সা প্রীতয়ে মম।.........ইতিবৎ তিথিনা একাহো বোদ্ধব্যঃ তিথিলৈকেন দিবসশ্চান্দ্র মানেন কীৰ্ত্তিত ঃ ইতি বিষ্ণু ধৰ্ম্মোত্তরাৎ।

৩। যৎ তু আষাঢ়সু সিতে পক্ষে ভদ্রা, সা পুষ্যসংযুতা। যাত্রোৎশবং প্রকুর্ব্বীথা স্তদভাবে-পুষ্য ত্রব হি। ইতি ঈশ্বরসংহিতায়াং বচনান্তরম্। তদবৈকল্পিক প্রয়োগান্তর বিধায়কম্।

---

শ্রীজগন্নাথগী রথযাত্রাসি (১) কার্ত্তিকী শুক্লাদ্ধাদশীদা পাংথোকপা রথযাত্রা---হরিউত্থান রথযাত্রা মেরা থাগী পানখৎলকপা তরানিথোইনিশুবা নুমিত্তা শ্রীহরিনা লেংখৎলবা তুংদা বেদস্তোতি তৌবা (বেদ পাঠ), ভক্তশিংনা পুং-ঈশৈ শক্তুনা শ্রীহরিবু রথ মথক্তা লেংখৎলি। রথদা লেংখৎলবা শ্রীহরিবু দর্শন তৌবা, কাং ইন্দুনা চৎপা মাংদ ভক্তশিংনা ঈশৈ শক্তুনা জগোই শাব অমদি পুং শেন্নচিংবা যন্ত্র য়ৈবা– পুন্নমকসি থোইদোক হেন্দোক্লা রথ মথক্তা ঙানথোইবিরিবা শ্রীহরিগী মফমদদি য়াম্না নুংঙাইবা -পেনবিবা থৌওং -থৌরমনি; অমসুং (২) আষাঢ় শুক্লা দ্বিতীয়াদা পাংথোকপা রথযাত্রা —"নবযাত্রা" কাং-চিংবা, অনি থোক্লা লৈ।

----(০) ----

অহুমশুবা পন্দুপ

# জগন্নাথ পুরীগী রথযাত্রা

রথ যাত্রা জগন্নাথ পুরীগী (নীলাচলদা) ঙানবিরিবা শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী খ্বায়দগী চাওবা উৎসব-হরাও-কুম্মৈনি। মসি আষাঢ় দ্বিতীয়া হায়বদি ইঙেন থাগী পানখৎলকপা নিনি পানবা নুমিৎতা পাংথোকই। মসিগী অতোপ্পা মমিংনা "নবযাত্রা" "নন্দিঘোষযাত্রা" "পতিতপাবন যাত্রা" নৎত্রগা "মহাবেদি উৎসব" হায়নসু খংনৈ।

শ্রী শ্রীজগন্নাথনা ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজদা তাকপিখি—হে ! মহারাজা —আষাঢ় শুক্লা দ্বিতীয়া — ইঙেন থাগী নিনি পানবদা সুভদ্রা অমসুং বলরামগা লোয়নদুনা ঐহাকপু রথদা তোংহল্লগা নবযাত্রা উৎসব মপুং ফানা, নিংথিজনা পাংথোকউ। অদুগা ঐনা ইহান হান্না ঈশ্বর ওইনা ফাওরকখিবা (অবির্ভূত) মফম— মহাবেদিশিং লৈবা গুণ্ডিচা মন্দিরদুদা ঐবু পুদুনা চৎলু।

মবুংঙোগী য়াথং মতুং ইন্না ইঙেনগী পানখৎলকপা নিনি পানবসিদা জগন্নাথ পুরীগী শ্রীমন্দিরদগী শ্রীজগন্নাথ, শ্রীবলভদ্র অমদি শ্রীসুভদ্রা মূর্ত্তি অহুম্বু তোঙান তোংঙানবা রথ অহুমদা

লেংখৎলগা অশ্বমেধ বেদী কৌবা ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজনা অশ্বমেধ ১০০০ লক কৎখিবা মফম অদু তান্না লেংই। শ্রীমুর্ত্তি অহুমক মফমদুদা অহিং ৯ লৈ। মতম অদুবু গুণ্ডিচা যাত্রা হায়না মমিং থোল্লি। শ্রীজগন্নাথ মন্দিরদগী অৱাং-পাংবদা ক্রোশ অমা লাপ্পা মফমদা গুণ্ডিচা মন্দির লৈ। মন্দিরদুদা শ্রীমুর্ত্তি অহুমমক লেংশিন্দুনা লৈ। ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজগী মহারানীগী মমিং গুণ্ডিচা হায়না কৌই। মফম অদুগী মন্দির অদুবু মহারানীগী মিংথোল লৌদুনা "গুণ্ডিচা মন্দির" কৌখি হায়না হৌজিক ফাওবদা খংনরি।

শ্রীজগন্নাথ পুরীদা চহি খুদিংগী কালেনগী অক্ষয় তৃতীয়াদগী হৌদুনা অনৌবা কাং শানবা থৌরাং তৌই। লাই অহুমগী কাং অসি তোংঙান-তোংঙান্না শাই। শ্রীজগন্নাথগী কাংবু "নন্দিঘোষ" শ্রীবলরামগীনা "তালধ্বজ" অদুগা শ্রীসুভদ্রারগীনা "পদ্মধ্বজ" হায়না তোঙান-তোংঙান্না মমিং থোল্লি। কাং খুদিংমক্কী অৱাংবা,পাকপা-চাওবা অমদি কাংখোগী মশিংসু তোংঙান-তোংঙাল্লি। শ্রীজগন্নাথগীনা খুদুপ ২৩ ৱাংই, খুদুপ ৫ পাক-চাওই, চাকানা ১৬ পাল্লি। শ্রীবলরামগীনা খুদুপ ২২ ৱাংই, খুদুপ ৪.৫ পাক চাওই, চাকা ১৪ পল্লি। শ্রী সুভদ্রারগীনা খুদুপ ২১ ৱাংই , খুদুপ ৪ পাক-চাওই, চাকা ১২ পাল্লি। শ্রীজগন্নাথগী কাংগী মচুনা 'নাপু' (পীতবর্ণ),শ্রীবলরামগীনা– ' শংবান্নব' (নীলবর্ণ) অদুগা শ্রীসুভদ্রারগীনা অমুবা (কৃষ্ণবর্ণ)

মচুনি। লাই অহুমগী কাংশিংগী য়েৎ-ওইদা অতোপ-অতোপ্পা লাই কয়ামরুম লৈ। কাংগী মতোন্দগী কাংখোংগী মথক ফাওবদা মফম পুন্নমক্তা য়েক খোৎলবা ফিজোল কয়ানা ফজনবা শেম শাই। কাংগী মতোন্দা ফজনা য়েক-খোৎলবা ফীরাল কয়ামরুমসু থেৎলী।

কাংগী মমাংদনা শগোল অমসুং মতুংদান সারথী লৈ। সারথীগী য়াথং মতুং-ইন্না ভক্তশিংনা কাং চিংই। ব্রাহ্মনশিংনা কাংগী থৌরি পী। শ্রীজগন্নাথগী কাংবুনা 'শ্রীনৃসিংহনা' ঙাক-শেল্লী অদুগা 'মাতলিনা' সারথী ওই। শ্রীবলদেবগীনা 'শেষাবতার' না ঙাক শেল্লি—'সুদ্যুম্ননা' সারথী ওই। শ্রীসুভদ্রারগী কাংবুনা 'বনর্দুগা' না ঙাক শেল্লি—'অর্জুননা' সারথী ওই। কাং খুদিংগী অঙৌবা, অমুবা তোংঙান-তোংঙানবা শগোল ৪/৪ শিজিন্নে।

শ্রী সুর্দশন অমসুং শ্রী সুভদ্রা ভক্তশিংনা মরেংবান্দা থাঙ্গৎলগা কাংদা লেংখৎলি। মদুগী তুংদা শ্রীজগন্নাথ অমসুং বলরামবু ভক্তশিংনা মখুৎ, মপান্থোম অমদি মরেংবান্দা থৌরিনা চিংখৎতুনা কাংগী ফমবাক্তা লেংখৎলি। মসিবু কালবেড়িয়া হায়না খংনৈ। লাই লেংখৎলবা মতুংদা থাইনদগী চৎনবী ওইনা কাংদু মতম-মতমদুগী পাল্লি-পাল্লিবা নিংথৌ য়াওনা সনানা শাবা পোৎশক্লা কাংশিংদু তৈথোক-শেংদোকই। মদুবু 'ছেরাপহরা' হায়না খংনৈ। মদুগী মতুংদা লাইশিংবু মখল-মখা কয়াগী ফিজেৎ-লৈতেং (আভরণ) থোল্লগা ধূপ-থাওমৈ কৎতুনা পূজা তৌই। পূজা লোইরবা মতুংদা শ্রীসুভদ্রা, শ্রীবলদেব অমদি

শ্রীজগন্নাথগী কাং চিংথোকই। কাংগী মাইগৈ মরিমক্তা মফমদুগী থানাশিংনা থৌরি তিংদুনা ঙাক শেল্লি। শ্রী মন্দির অমদি গুণ্ডিচাগী ময়াইদা লৈবা 'বলগণ্ডি' হায়বা মফম অদু য়ৌরক্লবদা লাইশিং অদুদা থৌগনগী মশক ওইনা ঙাইহাক পোৎথাবা অদুগা অশেংবা গঙ্গাজল অমদি পঞ্চামৃত, নুংশিরবা চন্দননচিংবনা শ্রীঅঙ্গদ থৌগন তৌদুনা নিংথিরবা চামর অমদি মখল-মখা কয়াগী অথুম অহাও উহৈ-ৱাহৈ অমদি কর্পূর ক্বানচিংব কয়াসু লাইশিংদা কৎলি। মসিবু 'বলগণ্ডি ভোগ' হায়না কৌই। অদুদগী কাং চীং-চীংদুনা লাক্তনা নুমিদাংৱাইরমদা 'গুণ্ডিচা'থোঙ্গানদা থুংলরে। নুমিদাংদুমদি লাইশিংবু কাংগী মথক্তা লাই লূক কৎতুনা (চাদুনা) অহিং অদু পোথাখি। মথংগী নুমিৎতকী নুমিদাং ৱাইরমদা লাইশিংদু যজ্ঞ বেদি লৈব গুণ্ডিচা মন্দিরদা লেংশিন্দুনা ভোগ (অচা অথক লুকনচিংবা) কৎলি। কাং ৪নি চনবা ইঙেন ৫নি পানবদা হোড়া পঞ্চমী কুম্মৈ পাংথোকই। ৭নি চনবা নুমিৎতা 'সন্ধ্যাদর্শন' কৌবা উৎসব কুম্মৈ পাংথোকই। ৮নি চনবা নুমিৎতদি কাং অহুম অদু মমাই ওন্থোক্তুনা অমুক শেমজিন শাজিন্দুনা থমলে। কাং ৯নি চনবা ইঙেন ১০ পানবা কাংলেন নুমিৎতা গুণ্ডিচাদগী শ্রীমন্দির তান্না অমুক লেংঙক্লবগী অচৌবা থৌরাং (কুম্মৈ) হৌরে, লোইননা হান্নগী মতৌগুম্না লাই অহুমদু তোংঙান-তোংঙানবা কাংশিংদা লেংশিন্দুনা শ্রীমন্দিরগীদমক খোংশানলক্লে।

হল্লকপদা লমখাংদা "অৰ্দ্ধাসনী দেবী" (মাসিমা) মন্দির য়ৌরকপদা কাং ঙাইহাক লেপতুনা পোৎথারিঙৈদা অচা-অথক, অথুম-অহাও তলনচিংবা কৎলি।

অসুম তৌনা শ্রীমন্দির য়ৌন্নবা কাং চিংলকপসিদা লমখাংদা অমুক 'মৰ্চিকা দেবীগী' মন্দির মনাক য়ৌরক্লে। লক্ষ্মী দেবীনা মৰ্চিকা মন্দির য়ৌরক্লে খংলদুনা নিংথৌগা লোয়ননা শ্রীমন্দিরদগী লেংলক্তুনা শ্রীশ্রীজগবন্ধু (নরায়ন)বু খুরমজদুনা ওকলৈ।মসিবু "লক্ষ্মী নারায়ন ভেট " য়াম্না খংনৈ। অসুম তৌদুনা লাকপসিদা মন্দিরগী হোজং (সিংহদ্ধার) য়ৌরক্লবদা ভোগ–অচা-অথক, হৈরুক-হৈরা কৎতুনা হরিসংকীৰ্ত্তনগা লোইননা রথযাত্রা লোইশিল্লি। মথংগী নুমিৎ ইঙেন ১১নি একাদশীদা শ্রীজগবন্ধুবু সনাগী লৈতেংগা লোইননা "রাজ-বেষ" ফিজোল থোল্লি। অদুগা দ্ধাদশীদা শ্রীজগবন্ধুগী 'নীলাদ্রি উৎসব' পাংথোকই।

[ শ্রীশ্রীগৌড়ীয়-বৈষ্ণব-অভিধান ঃ– রথ-যাত্রা (৩৪০-৬৪২)]

কাংলেন মতুং দ্বাদশীদা সংকীৰ্ত্তনগা লোইননা হরিশয়ন পাংথোকই, ঐখোয়গী লৈবাকসিদা।

মতৌ অসুম্না চহি চা কয়াদগী পাংথোরক্লবা শ্রীজগন্নাথগী রথযাত্রা মহোৎসবসি শ্রীমহাপ্রভুনা অমুক মহাক্কী মতমদা ভক্তশিংগা লোইননা থৌগন তৌই।

চৈতন্যঃচঃ ১/২, ৮/২৫ — রথযাত্রাসি অসুম্না হাইরি ঃ—

১) গুণ্ডিচা মার্জন শ্রীরথযাত্রার পূর্ব্বদিন শ্রীমন মহাপ্রভূ কর্ত্তৃক সপার্ষদে অনুষ্টিত শ্রীমন্দির, জগমোহন, সিংহাসন রত্নবেদী প্রভৃতির মার্জনেঘর্ষণাদি ক্রমে সংস্কারাত্মিকা লীলা। অদ্যাবধি সহস্র প্রেমিক ভক্ত এই লীলায় যোগদান করেন । শ্রীরথযাত্রা সুন্দরাচলে শ্রীজগন্নাথ দেবের নবরাত্রি অবস্থানের জন্য নির্মিত মন্দিরকে ‘‘গুণ্ডিচ’’ বলে।

২) স্কান্দ উৎকল খণ্ডে উক্ত আছে ॥
সর্ববপাপনিয়ন্তৃত্বাৎ পূজ্যত্বাৎ সর্ব্বদেবতৈ ঃ।
গুণ্ডিচাপিচ সা প্রোক্তা ব্রহ্মতেজোঽবগুন্ঠনাৎ ॥

শ্লোক্কী অর্থ ঃ— চৈতন্যঃচঃ ১/২, ৮/২৫ —
১) কাংচিংন্দ্রিঙৈগী মাংওইননা শ্রীমন মহাপ্রভূনা লুচিংদুনা তৌখিবা সেবা—ইবুংঙো মহাক্কী মনাইশিং কয়ামরুমগা লোইননা মন্দির, জগমোহন, সিংহাসন সনাগী বেদী পুন্নমক মথং-মনাও নাইনা শেংখিবা সেবাদু হৌজিক ফাওবদা ভক্ত লিশিং-লিশিংনা তৎতনা পাংথোকই। শ্রীরথযাত্রা সুন্দরাচলদা শ্রীজগন্নাথ দেবনা অহিং মাপল লেংশিনবিখিবা মফমদুবু গণ্ডিচা মণ্ডির হায়না খংনৈ।

৵মহারাজ গম্ভীর সিংহনা পানবা মতমদগী কাং-চিংবা হৌদোকখি, ঐখোয়গী লৈবাকসিদা ।

২) স্কান্দ উৎকল খণ্ডেদা হাইরি —পাপ পুম্নমক কোক্লফম ওইবা, লাই পুম্নমক্না পূজা তৌনফম ওইবা, ব্রহ্মগী তেজবু থুপ্না লৈবা মফমসিবু গুণ্ডিচা কৌই।

শ্রীজগন্নাথনা কাং তোংদুনা লেংলিবসি শ্রীমহাপ্রভূনা কাশীমিশ্র অমদি স্বরূপ্ত মনাই অনিদা তাকপিখি মদুদিঃ— দ্বারিকাগী লিলা শান্নরিবা ইবুংঙো শ্রীজগন্নাথনা চহি অমগী মনুংদা অমুক্তংদি শ্রীবৃন্দাবন উনিংই। মরম অদুদগী সুন্দরাচল যাত্রাসিদা ব্রজা-বৃন্দাবনগী ভাব (রস) লৌদুনা রথযাত্রা পাংথোকই। অদুনা রথযাত্রাদা বৃন্দাবনগী ভাব ওইবনা লক্ষ্মী দেবীবু লোইনদবনি।

----(০) ----

# শ্রীমহাপ্রভুগী মতমদা ভক্তশিংগা লোইননা শ্রী জগন্নাথগী রথযাত্রা থৌগল তৌখীবা

জগন্নাথগী রথযাত্রাদা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা থৌগন তৌই। মরু ওইবা থৌগনবা মহাপ্রভুগী সম্প্রদাই মরি (৪) অমদি অতোপ্পা আদ্বৈতগী সম্প্রদাই অমা, খণ্ডগী সম্প্রদাই অমা, কুলীনগ্রামগী সম্প্রদাই অমা, পুন্না সম্প্রদাই তরেৎনা জগন্নাথগী রথযাত্রাদা থৌগন তৌই। সম্প্রাদাই অমমম্দা পুংয়ৈবা অনি-অনি পুন্না পুংয়ৈবা তরামরিনি।

অহানবা সম্প্রদাইদা – স্বরূপনা (মহাপ্রভুগী ভক্ত অমা) প্রধান ওই। দামোদর, নারায়ন,দত্ত-গোবিন্দ, রাঘবপণ্ডিত শ্রীগোবিন্দানন্দ আদ্বৈতনা অহানবা সম্প্রদাইসিদা জগোই শাই। পুংয়ৈবা অনিনি।

অনিশুবা সম্প্রদাইদা – শ্রীবাসনা প্রধান ওই গঙ্গাদাস, হরিদাস, শ্রীমান, শুভানন্দ, শ্রী রামপণ্ডিত লোইনৈ। সম্প্রদাইসিদা নিত্যানন্দনা জগোই শাই পুং-য়ৈবা অনিনি।

অহুমশুবা — সমপ্রদাইদা মুকুন্দনা প্রধান ওই। বাসুদেব, গোপীনাথ, মুরারিনা সম্প্রদাইদুদা ইশৈ শকই শ্রীকান্ত, বল্লবসেন লোইনৈ । হরিদাশনা সম্প্রদাইসিদা জগোই শাই পুংয়ৈবা অনিনি।

মরিশুবা সম্প্রদাইদা গোবিন্দঘোষনা প্রধান ওই। হরিদাস, বিষ্ণুদাস, রাঘবনা—ইশৈ শকই মাধব,বাসুদেব ঘোষ মচিন মনাও অনি য়াওই। মরিশুবা সম্প্রদাইসিদা বক্রেশ্বরনা জগোই শাই পুংয়ৈবা অনিনি।

কুলীনগ্রামগী সম্প্রদাইদা রামানন্দ সত্যরাজনা জগোই শাই। শন্তিপুরগী অচার্য্যগী সম্প্রদায়দা অচ্যুতানন্দনা জগোই শাই।

খণ্ডগী সম্প্রদাইদা নরহরিগা শ্রীরঘুনন্দননা জগোই শাই।

শ্রীজগন্নাথগী রথনা গুণ্ডিচা লেংলকপদা —সম্প্রদায় তরেৎমক রথকী অকোইবদা লৈরম্বদু থাদোক্লগা সম্প্রদায় তরেৎমক রথগী মাংদা পুল্লরে। জগন্নাথগী রথগী মাংদা শ্রীগৌরাঙ্গনা দণ্ডবৎ তানা ভক্তি কৎলে। মাইথোং হাইগৎলগা জগন্নাথদা স্তুতি কৎলক্লে।

---- (০)----

নমো ব্রহ্মণ্যদেবায় গোব্রাহ্মণাহিতায় চ
জগদ্ধিতায় কৃষ্ণায় গোবিন্দায় নমো নমঃ ।।১।।

জয়তি জয়তি দেব দেবকীনন্দ নোঽসৌ
জয়তি জয়তি কৃষ্ণো বৃষ্ণিবংশ প্রদীপ ঃ।
জয়তি জয়তি মেঘ শ্যামলকোমালাঙ্গ
জয়তি জয়তি পৃথ্বীভারনাশো মুকুন্দ ঃ।।২।।

জয়তি জননিবাসো দেবকী জন্মবাদো
যদুবরপরিষৎ স্বৈর্দোর্ভিরস্যন্ন ধর্ম্মং ;
স্থিরচরবৃজিনঘ্নঃ সুস্মিত শ্রী মুখেন
ব্রজপুরবনিতানাং বর্দ্ধয়ন্ কামদেবং ।।৩।।

নাহং বিপ্রো ন চ নরপতির্নাপি বৈশ্যো ন শূদ্রোঃ
নোবা বর্ণী ন চ গৃহপতি র্নো বনস্থো যতির্বা।
কিন্তু প্রোদ্র্যন্নিখিলপরমানন্দ পূর্ণামৃতাব্দ্ধে
গোপীভর্ত্তু ঃ পদকমলয়োর্দাসদাসানুদাস ঃ।।৪।।

শ্লোকশিংশি থীদুনা স্তুতি তৌরগা মহাপ্রভুনা জগন্নাথদা অমুক খুরম্মে।

**শ্লোক্কী অর্থ** ঃ—নংবু নিংজবা ভক্তশিংগী লাই ওইরিবা ষন অমসুং ব্রাহ্মনশিংগী ফনবা শিনবিবা, জগৎপুম্বগী ফনবা শিনবিবা গোবিন্দ ওইবা কৃষ্ণনংবু হন্না হন্না খুরমজরি।।১।।

দেবকীগী মচা ইবুংঙো কৃষ্ণদুনা খ্বাইদগী হেন্না চাওখৎপিরি। বৃষ্ণিশাগৈগী থাওমৈ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা খ্বাইদগী হেন্না চাওখৎপিরি। কুচুনা চুরমদাইগী অমংবা নোংবু ঙমজবা, চরণ অমসুং শ্রীহস্তনচিংবা অঙ্গ পুম্নমক থোৎ নৌবা; পৃথ্বীগী অরূম্বা কোকহনবা মুক্তিসু পিনবিবা শ্রীকৃষ্ণনা খ্বাইদগী হেন্না চাওখৎপিরি ॥২॥

ইবুংঙো নহাকপু দেবকী নন্দগী ভার্য্যা যশোদানা পোকপনিসু হায়নবা [দ্বে নাম্নী নন্দ ভার্য্যায়া যশোদা দেবকী তিচ ] নন্দগী ভার্য্যা যশোদাগী মমিং দেবকীসু কৌই। বসুদেবগী ভার্য্যা দেবকীনা পোকপনিসু হায়নবা, যদু শাগৈগী অখণ্ড অহৈ, অকন অথৌশিংনা ইবুংঙো মাগী সাভাদা তিল্লিবা পাণ্ডব অর্জ্জুনচিংবা অকন অথৌ পাম্বোমশিংনা অধর্ম্মবু তকথোক তাম্বোকপিরিবা বৃন্দাবননচিংবাদা হৌরিবা উপান ৱাপন, উরী ৱারী নাপীশিংনা ফাওবা লৈবাক্তা হৌবা কাংবু অমসুং মী-লাই শা-উচেক চিংবা অচৎপা কাংবুগী মফমদা থৌজান পিবিদুনা অমসুং মিৎয়েং তাবিদুনা সংসারগী অৱা অনা কোকহনবিরিবা অদুগা ইবুংঙোগী মোমোন নোকপা মাইথোংনা ব্রজগোপীশিং, পুরগী কুবজানচিংবী অমসুং দ্বারকাগী রুক্মিনীনচিংবী ইবেম্মশিংগী মফমদা কামদেবগী থৌনা হাপ্পীবা, জীব পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা, অদুগা জীব পুম্ন মক্তসু ইবুংঙো মহাক্না অন্তর্যামী ওইনা লৈবিবা শ্রী কৃষ্ণনা খ্বাইদগী হেন্না চাওখৎপিরি॥৩॥

ঐহাক বাম্মন  নত্তে, ক্ষত্রিয় নত্তে, বৈশ্য নত্তে শূদ্রশু নত্তে ঐহাক ব্রহ্মচারী নত্তে, য়ুমপানবা নত্তে, বনদা লৈদুনা লাইনিংনবা মীশক নত্তে, লম্বোইবা যতিশু নত্তে তৌইগুম্বসুং মকা লামথোরক্লবা খ্বাইনা নুংঙাইনরবা, মপুং ফারবা প্রেমামৃতগী সমুদ্র ওইবা ইবুংঙো অমসুং (করম্ ওইবা) গোপীকাগী মবুংঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বাল অনিগী মনাইদুগী মনাই ওইবা অদুগী নাইথাং ওইজবা ঐহাক্লি ॥৪॥

----(০) ----

## মঙাশুবা পন্দুপ

# রথযাত্রা পূজা

কৃত-নিত্য কৃত্য —নুমিৎ খুদিংগী তৌফম থোকপা হৌনবী থৌরম পাংথোক্লগা ব্রাহ্মন/যজমান্না রথযাত্রা নুমিত্তা পুর্ব্বানহ্ন মতমদা স্বস্তিবাচন (মঙ্গল ৱাহৈ-পূজা) তৌগনি। (নোংমগী নুমিৎ থোরকপদগীনা নুমিৎতাব ফাওবা মতমসিবু শরুক অহুম থোক্লগা মদুগী অহানবা শরুক্তুবু পুর্ব্বানহ্ন কৌই। মতমসিদা দেব পূজা তৌগনি।)

আচমন তৌরবা যজমান্না (থৌবু) আচমন তৌরবা মাই অৱাং ওন্ন ফমলিবা ব্রাহ্মন (১ নৎত্রগা ৩)বু পূজা তৌজগনি অমসুং অঙম্বা দান কৎকনি। অদুদগী যজমান্না কোরিগী পাত্রাদা হাপ্পা চেং খরা লৌরগা অৱাং ওন্না ফমলিবা ব্রহ্মনগী খুত্তা চেংদু হাপকনি; অদুগা নোংপোক মাইকৈ ওন্না ফম্লগা চেং খরসু পাইদুনা খু-লোন্নরগা অসুম্না হাইজগনি—“ **ওঁ কর্ত্তব্যেঽস্মিন্ রথযাত্রা মহোৎসবকর্ম্মনি পুণ্যাহং ভবন্তো ব্রুবন্তু ইত্যাদি**”। (রথ যাত্রাগী তৌজগদৌরিবা পূজানচিংবা অসিদা অফবা নুমিৎ ওইবীয়ু হাইনা হাইবীয়ু )।

ব্রাহ্মন্না **"পুণ্যাহং" "পুণ্যাহং" "পুণ্যাহং"** হায়দুনা চেংদু অহুমলক চাইথোক্কনি (শদাচার)। মথংদা অমুক যজমান্না হান্নগুম চেং খরা লৌরগা ব্রহ্মনগী খুত্তা হাপ্পুনা **"ওঁ স্বস্তি (মঙ্গল) ভাবন্তো অধিব্রুবন্ত"** হায়বা ৱাহৈশিংশি হায়জগনি। ব্রাহ্মন্নসু 'ওঁ স্বস্তি' হায়দুনা অহুম্লক হাইগনি। অদুগা স্বস্তিসুক্ত অহুম্লক থিগনি । মদুদি **-"ওঁ সোমং রাজানং বরুণ মগ্নিমন্বার ভামহে, আদিত্যং বিষ্ণু সূয্যং ব্রহ্মণংচ বৃহস্পতিং"**। স্বস্তি সূক্তসি সাম বেদগীনি, অদুগা মাগী-মাগী বেদ বেদদুগী স্বস্তি সুক্তশিংদু থিগনি।

অমুকসু যজমান্না চেং লৌদুনা ব্রাহ্মনগী খুক্তা হাপ্লগা খুৎ লোন্নদুনা **" ওঁ ঋদ্ধ্যতাং"** (চাওখৎপা) হাইবা ৱাইহৈশি হাইজগনি। ব্রাহ্মন্নসু **"ওঁ ঋদ্ধ্যতাং"** হাইনা অহুম্লক হাইগনি।

ইশানা ইশাগী কৎচবদা অসুম্মা হায়জগনি-- **বিষ্ণুরোম্ তৎসৎ আষাঢ়ে মাসি শুক্লে পক্ষে দ্বিতীয়ায়াং তিথৌ অমুক বাসরে অমুক গোত্রঃ শ্রী অমুক দেব শর্ম্মা শ্রীবিষ্ণু - প্রীতিকামঃ শ্রীজগন্নাথস্য (শ্রীমন্নারায়ণস্য) রথযাত্রা-মহোৎ সবমহং করিষ্যে।**

(বিষ্ণুরোম তৎসৎ - ঙসি ইঙেনগী পানখৎলকপা নিনি পানবা নুমিৎসিদা (রবিবাসরে/সোমবাসরে

………..,গোত্রসিদা (শাণ্ডিল গোত্র/কাশ্যপ গোত্র/ ভরদ্বাজ গোত্র ……….)মিং অসি কৌবা (দেবদত্তা দেব শর্ম্মা/শিবদত্তা দেব শর্ম্মা/ গোপাল দেব শর্ম্মা) ঐনা বিষ্ণুনা পেনবিবদু পামজদুনা শ্রীজগন্নাথগী রথযাত্রা মহোৎসব কৎচগে অদুগা অতোপ্পগীদা তৌরুবা ওইরগদি (পর্রার্থে) যজমানগী গোত্র অমসুং মমিং পনবিদুনা মহাক্কী রথযাত্রা মহোৎসবসি পাংথোকচরক্কে হাইগনি। ৱাহৈশিংশি অসুম্না হাইগনিঃ---গোত্র-গোত্রস্য; শ্রীঅমুক দেব শর্ম্মা – শ্রীঅমুক দেব শর্ম্মণঃ; করিষ্যে - করিষ্যামি)।

সংকল্প সুক্ত দেবো বো (সামবেদ) – অসিনা হৌবা বেদ বেদদুগী সংকল্প সুক্ত (লমাই ২৬) পাঠ তৌগনি। মতুংদা প্রনায়াম(শ্বর-চিংশিনবা, থিংবা, হোন্দোকপা); অঙ্গণ্যাস (হকচাংগী শরুক খরা শোকপা) অমসুং (খুৎশাশিং শোক্লবা) তৌরগা বলরাম, জগন্নাথ অমসুং সুভদ্রারগী ধ্যান তৌগনি।

**বলরাম ধ্যান :– "বলরামং বিষশ্বেতং দধতং মূষলং হলং। একাবতংসং ধ্যায়েচ্চ মদবিহ্বললোচনং।।"** (কুচুনা থম্বৌমচুগুব ঙৌবা, খুৎ য়েত্তনা মুষল (য়োৎশুক) পাইবা, ওইদনা লাঙ্গোল পাইবা, নায়িন অমত্তা চিনবা, ময়াই কাদুনা,হরাও-তয়ামদুনা মিত্তুনা তথক-তথক য়েংলিবা বলরামবু ধ্যান তৌগনি)।

জগন্নাথ ধ্যানঃ-- ভগবন্তং জগন্নাথং পুণ্ডরীকনিভেক্ষণং। বাঞ্ছাকল্পতরুং বন্দে ভক্তানু গ্রহকারকং॥

(মিৎনা থম্বাল মনাগী মওং মানবা, নিংজরিবা-পামজরিবা পুন্নমকপু থুংহনবীবা, ভক্তশিংবু থৌজানবিব-ভগবান জগন্নাথবু খুরুমজরি—হায়জরগা ধ্যান তৌগনি।)

সুভদ্রার ধ্যানঃ-- সুভদ্রাং ভদ্রবদনাং ভদ্রকর্ম্মপ্রবর্ত্তিনীং। বন্দেঽভিমন্যু তনয়াং ধনঞ্জয়মনোহরাং॥

(ফজরবী, শকফম্মা মঙ্গলগী মশক ওইরিবী, তৌথোকপা থবক-থৌরম্মা অফবা ঙাক্তা তৌরিবী, অভিমন্যুবু পোকচবী, ধনঞ্জয়গী পুক্লিংহুবী সুভদ্রাবু খুরুমজরি--হায়জরগা, নিংজরগা ধ্যান তৌগনি)।

লাই অহুমক ষোড়শোপচারনা পূজা তৌগনি। সুভদ্রাদি অশংবা ফিজোল থোনগনি। সুদর্শন অমসুং গরুড় পূজা তৌগনি।

পুরোহিতনা অর্ঘ্যগী ঈশিংনা অহুম্লক খিক্তোতুনা রথবু শেংন্দোক্কনি। মদুগী তুংদা পুং-ঈশৈ শংকীর্ত্তনগা লোইননা লাই অহুমদু খুৎনা কোন্দুনা লেংথোরক্লগা রথবু য়েংওইননা অহুম্লক কোইরগা রথ মথক্তা লেংশিল্লে।

অমুক হন্না পূজা তৌরগা মখাগী মন্ত্রশিং থীদুনা খুরুমজগনি — **" ওঁ জনার্দ্দন জগন্নাথ শরণগতপালক"**। (হে ! জনার্দ্দন, হে ! জগন্নাথ চংজরক্লিবা পুন্নমকপু ঙাকপিবা, কনবিবা হে ! ভগবান্ )। নংগী ননাইগী নাইথাং ওইজরিবশিংবু ননাই ওইজবা পীনবীয়ু। মদুগী তুংদা পুং-ঈশৈ- -শংকীর্ত্তনগা লোইননা ভগবানদা পুস্পাঞ্জলি মঙারক কৎলগা (থব্রাই হকচাং পূক্লিং-চংনা খুরুমজদুনা) —ভগবান্না রথসিদা নুংঙাইনা লেংশিনবিদুনা পোৎথাবিরে —ননাইগী তৌজমন/ হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খঞ্জদুনা খুৎ লোন্নরগা প্রার্থনা তৌজগনি---**"ওঁ অদ্য মে সফলং জন্ম জীবিতঞ্চ সুজীবিতং"**। ননাইসি লাইবক ফবা ওইজরে, তৌজমনগী মহৈ য়ানজরে, হিংবগী মহৈ য়ানজরে। ভগবান্ ইবুংঙোন্না ননাইগী কাং (রথ) সিদা লেংখৎপিরে---ননাইগী শাগৈ- নাতৈ 'ুন্নমক ঙম্না শেংলে। লক্ষ্মী, সরস্বতীগী মবুংঙো ওইবা, গরুড়না ইবুংঙোগী আসন ওইবা, হে ! নরায়ন-তৌজমন্ মহৈ য়ানজরে, ইবুংঙো নংহাক্না ননাইনা কৎজবা রথসিদা লেংখৎপিদুনা ঙানথোইবীরে।

মদুগী তুংদা অমুক পুং-ঈশৈ — শংকীর্ত্তনগা লোইননা কাংদু অহুম্লক কোইরগা —**"অনেন কর্ম্মণা ভগবান্ বিষ্ণু প্রীয়তাং"** হাইজদুনা প্রার্থনা তৌগনি। (ননাইনা তৌজরিবা থৌরাংসিনা বিষ্ণু ভগবান্না পেনবীয়ু—হে ! ভগবান্ )।

অদুদগী পু-ঈশৈ, মোইবুং, কাংশি ১দি শেম্লুংনচিংবা য়াওনা কীর্ত্তন তৌদুনা রথযাত্রা খোংশানবা হৌরে (কাং-চিংবা হৌরে)। নুমিৎয়ুংবা মতমদা লম্বীদা লাকপগী অরাবদু কোক্ল নবা জগন্নাথগী ছায়াদুদা(প্রতিবিম্ব/মমি) পঞ্চামৃত, লৈ-কর্পূরনচিংবা মনম নুংশিরবা ঈশিংনা স্নান কৎকনি। চন্দন কৎকনি। চামর সেবা তৌগনি। অদুদগী অশেম্বা হৈরুক-হৈরা মপুম-মপুম ওইনা কৎকনি।

নুমিৎ-চাইথরক্লবদা (অপরাহ্নে) পুং-ঈশৈনচিংবা পুম্নমক্কুগা লোইননা কাং হঞ্জিন্দুনা মন্দিরদা লাই লেংশিল্লগা অমুক হন্না লৈ-চন্দন য়াওবা ঈশিংনা অভিষেক তৌগনি, আরাতি (নিরাজন) ফাওবা পূজা কৎকনি। (মতুংদা ইষ্টা সেবা কৎলগনি)।নুমিৎদাংদা কীর্ত্তন সেবাগী মওংদা জয়দেবগী দশাঅতার স্তোত্র থৌগন তৌই, ঐখোয়গী লৈবাকসিদা ।

করিগুম্বা যজমান্না কৎচবা রথ ওইরগদি কাংলেন নুমিত্তা কাং হঞ্জিন্দুনা মন্দিরদা লাই লেংশিল্লবা, আরাতি লোইরবা তুংদা যজমান্দুনা পুরোহিতকী ঙমজবা দক্ষিনা কৎকনি। দক্ষিণাদি সনানা ওইগনি। যজমান্দুনা মাই নোংপোক ওন্না ফমদুনা অচমন তৌরগা দক্ষিণাগী পোৎ অদু অর্ঘগী ঈশিংনা অহুম্লক থিক্তোক্লগা লৈ-চন্দনা — "এতে

গন্ধা-পুস্পে ওঁ দক্ষিণা য়ৈ কাঞ্চ নায় নমঃ" হাইদুনা দক্ষিনাগী পোৎতুদা হাপকনি। (মমল ওইরগদি —"কাঞ্চন মূল্যায় নমঃ হাইগনি)। অমুক লৈ-চন্দন লৌখৎলগা "এতদধিপতয়ে ওঁ বিষ্ণবে নমঃ" হাইদুনা অমুকসু দক্ষিণা অদুদা পূজা তৌগনি। মদুগী তুংদা মাই অৱাং ওন্না ফমলিবা পুরোহিত অদুব "এতে গন্ধ পুস্পে ওঁপুরোহিতায় নমঃ" হাইদুনা লৈ চন্দন তৌগনি। অদুদগী দক্ষিণাগী পোৎতু খুৎ-য়েৎনা পাইখৎলগা, খুৎ য়েৎতুবু খুৎ-ওইনা তুংইন্দুনা পাইষ্নি রগা " বিষ্ণুরোম তৎ সৎ অদ্য আষাঢ়ে মাসি শুক্লে পক্ষে দশম্যাং তিথৌ অমুক গোত্র শ্রীঅমুক দেব শর্ম্মা শ্রী বিষ্ণু প্রীতিকামনয়া কৃতৈতৎ শ্রীজগন্নাথস্য রথযাত্রা- মহোৎসব কর্ম্মনঃ সাঙ্গর্তাথং দক্ষিণামিদং কাঞ্চ নং নৎত্রগা কাঞ্চনমূল্যং রজতখণ্ডমর্চ্চিতং শ্রীবিষ্ণ - দৈবতং যথাসম্ভব গোত্রনাম্নে (পুরোহিতকী গোত্র, মমিং) ব্রাহ্মণায় অহং দদে" — হাইরগা দক্ষিনাদু পরোহিতগী খৎ য়েৎতা — ওঁ দক্ষিণাং ব্রহ্মণায় নমঃ হাইদুনা কৎলগনি।

মদুগী তুংদা শক্তি তৌরগা (লমাই ২৭) ঈশিং কুশী অমা কনখৎলগা —"ওঁ কৃতৈতদ্ রথযাত্রা মহোৎসব কর্ম্ম অচ্ছিদ্র মস্তু" হাইরগা ঈশিং য়াওবা কুশীদু লৈবাক্তা উপ্পগনি (ঐনা তৌখিবা থবকসে অশোয়-অঙাম, অৱাৎ-অপা, চিৎথা-নাম্থা য়াওদনা মপুং ফানা লৌইশিনবা ওইরসনু)।

অদুগা অমুক বৈগুণ্যং সমাধান তৌগনি, মদুদি— ‘‘বিষ্ণুরোম তৎ সৎ অদ্য আষাঢ়ে মাসি শুক্লে পক্ষে দশম্যাং তিথৌ অমুক গোত্র শ্রী অমুক দেব শর্ম্মা শ্রীবিষ্ণু প্রীতিকামনয়া কৃতৈতৎ শ্রীজগন্নাথস্য রথযাত্রা মহোৎসব কর্ম্মনি যদ্বৈগুণ্যং যাতং তদ্দোষ প্রশমনায় বিষ্ণুস্মরণমহং করিষ্যে’’। ওঁ বিষ্ণু (১০) দশধাজপেৎ ইতি।

—যদসাঙ্গং কৃতং কর্ম্ম জানতা বাপ্যাজানতা।
পূর্নং ভবতু তৎ সর্ব্বং বিষ্ণু নামানুকীর্ত্তনাক্॥

(খংনা-খংনা ওইরবসু, খংদনা ওইরবসু মচাক অথুম চিংথা-নান্থা, রাংনা পাংথোকখ্রবা কর্ম্মসি শ্রীবিষ্ণুগী নাম্সি শোঞ্জবদগী মপুং ফাবা ওইরসনু)।

লোইশিল্লকপদা শ্রীজগন্নাথ খুরুমজগনি—

জয় কৃষ্ণ জগন্নাথ জয় সর্ব্বঘনাশন।
জয়াশেষ-জগদ্বন্দ্য-পাদাম্ভোজ নমোঽস্তু তে॥
জয় ব্রহ্মাণ্ডকোটীশ দেব-নিঃশেষবাচক।
অশেষজগতাধার পরমাত্মন্নমোঽস্তু তে॥
জয় ব্রহ্মেন্দ্ররুদ্রাদি-দেবৌঘপ্রণতার্ত্তিনুৎ।
জয়াখিলজগদ্ধা মন্নর্ন্তযামিন্নমোঽস্তু তে॥

## সংকল্প সুক্ত ঃ

ওঁ দেবো বোদ্রবিণোদা পূর্ণাং বিবষ্ট্বাসিচং ।
উদ্বা সিঞ্চধ্বমুপবা পৃণধ্বমাদিদ্বো দেবওহতে।।
সংকল্পিতার্থা ঃ সিদ্ধয় ঃ সন্তু ।
ইতি ত্রিঃশ্রাবয়েৎ ।।
ইতি সামবেদীয়ানাং সংকল্পসুক্তং।

ওঁ যজ্জাগ্রতো দূরমদৈতি দৈব তদসুপ্তশ্চ
তথৈবেতি দূরং গমং জ্যোতিযাং জ্যোতিরেকং
তন্মেমনঃ শিবসঙ্কল্পমস্তু।
ইতি যজুর্ব্বেদীয়ানাং সঙ্কল্পসুক্তং।।

## তন্ত্রোক্ত-শান্তি ঃ

ওম সুরাস্তবামভি ষিঞ্চন্তু ব্রহ্মবিষ্ণু - শিবাদয়।
বাসুদেবো জগন্নাথস্তথা সঙ্কর্ষণো বিভুঃ॥
প্রদ্যুম্নশ্চানিরুদ্ধশ্চ ভবন্তু বিজয়ায় তে ।
আখণ্ডলোঽগ্নির্ভগবান্ যমো বৈ নৈর্ঋতিস্তথা॥
বরুণঃপবনশ্চৈব ধনাধ্যক্ষস্তথা শিবঃ।
ব্রহ্মণা সহিতঃশেষো দিক্পালাঃপান্তু তে সদা॥
ওম্ কীৰ্ত্তিলক্ষ্মী-ধৃতী মেধা শ্রদ্ধা পুষ্টি ঃ ক্ষমা মতি ঃ।
বুদ্ধির্লজ্জা বপু ঃ শান্তিস্তুষ্টি ঃ কান্তিশ্চ মাতর ঃ॥
এতাস্ত্বামভিষিঞ্চন্তু দেবপত্ন্য ঃ সমাগতাঃ।
অদিত্যশ্চদ্রমা ভৌমো বুধজীবসিতার্কজা ঃ॥
গ্রহাস্ত্বামভিষিঞ্চন্তু রাহু ঃ কেতুশ্চ তর্পিতা ঃ।
ঋষয়ো মুনয়ো গাবো দেবমাতর এব চ ।
দেবপত্ন্য ঃ ধ্রুবা নাগা দৈত্যাশ্চপ্সরসো গণা ঃ।
অস্ত্রাণি সৰ্ব্বশাস্ত্রানি রাজানো বাহানানি চ ।
ঔষধানি চ রত্নানি কালস্যাবয়বাশ্চ যে ।
সরিত ঃ সাগরা ঃ শৈলাস্তীর্থানি জলদা নদা ঃ।
দেবদানব গন্ধৰ্ব্বা যক্ষরাক্ষস - পন্নগা ঃ।
এতে ত্বামভি-ষিঞ্চন্তু ধৰ্ম্মকামার্থ -সিদ্ধয়ে ॥

----(০) ----

# জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রম্

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
মীন রূপ অবতার স্তোত্রম।। ১ ।।

প্রলয় পয়োধি জলে ধৃতবানসি বেদম্।।
বিহিতবহিত্র চরিত্রম খেদম্
কেশব ধৃত মীনশরীর জয় জগদীশ হরে।। ১ ।।

**অন্বয়ঃ—** হে কেশব ! হে ধৃত মীন শরীর ! ধৃতং মীনাস্য শরীরং যেন সংবোধনং—(ঙাগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা) হে জগদীশ !--(জগৎপুম্বগী মপু ওইবা) হে হরে জয়-- [সবেবাৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] – পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্ন চাওখৎপিয়ু।

হে প্রভো ! প্রলয় পয়োধি জলে = প্রলয় সমুদ্র জলে- (প্রলয় সমুদ্রগী ঈশিংদা) মগ্নং—(লুপখ্রবা) বেদং-(বেদবু) ধৃতবান্ – (ঈশিংদগী পুখৎপিখিবা) ত্বং অসি (ইবুংঙো নহাক্নি)।

বিহিত বহিত্র চরিত্রং—(ঈরোংন্নুংদগী বেদ পুখৎলকপদা ইকুঙ্গেনা হীগী থৌরাংনা) অখেদং—(ইব্রা ব্রাদনা পুখৎপিখী।)

**অনুবাদ ঃ—**হে কেশব – হে ঙগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবিবা হে জগদীশ ! প্রলয় সমুদ্র ঈরোন্নুংদা লৈখ্রবা বেদবু পুখৎপিখিবা ইকুঙ্গে নহাক্নি । ঈরোন্নুংদগী বেদ পুখৎলকপদা হীগী থৌরাংনা ইব্রা ব্রাদনা পুখৎপিখী।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
কচ্ছপ রূপ আবতার স্তোত্রম্ ।।২।।

ক্ষিতিরতি বিপুলতরে তব তিষ্টতি পৃষ্ঠে ।।
ধরনি ধরণ কিণচক্র গরিষ্ঠে।।
কেশব খৃত কচ্ছপরুপ জয় জগদীশ হরে।।২।।

**অন্বয়ঃ—** হে ধৃত কচ্ছপ রুপ = ধৃতং কচ্ছপস্য কূর্ম্মস্য শরীরং যেনতৎ সম্বোধনং – (হে থেঙ্গুগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা) হে হরে ! হে জগদীশ ! জয়-[সব্বোৎকর্ষেণ বর্দ্ধস্ব] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু।

তব-(ইবুংঙো নহাক্কী) পৃষ্ঠে-(নঙ্গন্দা) ক্ষিতিঃ (পৃথিবী) তিষ্টতি—(লৈরি) ধরণি ধরণে—(পৃথিবী পুবদা) কিন চক্র গরিষ্টে—(অপাৎ অপোম-তংদুনা লৈহৌবগী লুম্বামুক্তা লুম্বা, ইয়াং য়াংনা পুবা)।

**অনুবাদঃ—** হে থেঙ্গুগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা হে হরে হে জগদীশ পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু ইবুংঙো নহাক্কী নঙ্গন্দা পৃথিবী লৈরি। পৃথিবী পুবদা অপাৎ অপোম তংদুনা লৈহৌবগী লূম্বা অদুম্না ইয়াং য়াংনা পুবিখি।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে ॥
সুকররূপাবতার স্তোত্রম্ ॥৩॥

বসতি দশনশিখরে ধরণী তব লগ্না ॥
শশিনি কলংক কলেব নিমগ্না ॥
কেশব ধৃত সূকররূপ জয় জগদীশ হরে ॥৩॥

**অন্বয়** ঃ— হে কেশব ! হে ধৃত সূকর রূপ = ধৃতং সূকরস্য রূপং যেন সম্বোধনং -(ওক্কী মশক লৌদুনা অবতার তৌবীবা) হে জগদীশ ! হে হরে [ত্বং জয় - সর্বৈবাৎকর্যেন বর্দ্ধস্ব] পুম্নমক্তগী পুহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু।

তব-(নহাক্কী) দশনশিখরে- (য়াতোন্দা) লগ্না (নপ্তুনা) ধরণী-(পৃথিবীনা) বসতি - (লৈ)।

শশিনি কলংক কলেব নিমগ্না। শশিনি (থাদা) নিমগ্ন - (নপ্তুনা লৈরিবা) কলংককলাইব-(অমকপগুম্না) বসতি - (লৈ)।

**অনুবাদ** ঃ— ওক্কী মশক লৌদুনা অবতার তৌবীবা হে জগদীশ ! হে হরে পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু । হে ! ইবুংঙো থাদা নপ্তুনা লৈরিবা অমকপগুম্না পৃথিবীনা নংগী য়াতোন্দা নপ্তুনা লৈরি।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
নরসিংহাবতার স্তোত্রম্ ॥৪॥

তব করকমলবরে নখমদ্ভুত শৃংগম্ ॥
দলিত হিরণ্যকশিপুতনু ভৃংগম্॥
কেশব ধৃত নরহরিরূপ জয় জগদীশ হরে॥৪॥

অন্বয়ঃ— হে কেশব ! ধৃতং নরহরেঃ রূপং নরসিংহস্য স্বরূপং যেন তৎসংবোধনং—(হে নরসিংগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবীবা ।) হে জগদীশ হে হরে [ত্বং জয় সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু

তব কর কমলবরে = হস্তপদ্মশ্রেষ্ঠে — (অথোইবা নখুং থম্বাব্দুদা) নখং অস্তি - (খুজিল পাল্লি) কথংভূতং - (করম্বা খুজিন্নো) নখং অদ্ভুত শৃংগং - (য়াম্না চাওরবা খুজিন্নি)।

অদ্ভুতত্বে হেতুমাহ — (অঙকপা ওইরিবদি) দলিতঃ বিদারিতঃহিরন্যকশিপোর্দৈত্যস্য তনু ভৃঙ্গো ভ্রমরো যেন — (হিরন্যকশিপু কৌবা- হিংচাবগী হকচাংদুনা ওইবা খোইমু অদুবু শেগাইখিবা খুজিন )

অনুবাদঃ— হে নরসিংহগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবীবা হে জগদীশ হে হরে পুন্নমক্তগী পমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু। অথোইবা নখুং থম্বালদুদা ওক্ম চৌরবা খুজিল পাল্লি। অঙকপা ওইরিবদি — থম্বালগী মতোন্দি খোইমুনা শেগাইবগী মহুত্তা খুজিন্দুনা হিরন্যকশিপু কৌবা হিংচাবগী হকচাংদুনা ওইবা খোইমু অদুবু শেগাইখিবা অসিনি।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে।
বামনাবতার স্তোত্রম্ ।।৫।।

ছলয়শি বিক্রমণে বলিমদ্ভুত বামন।।
পদনখনীরজনিতজনপাবন।।
কেশব ধৃত বামনরূপ জয় জগদীশ হরে ।।৫।।

**অন্বয়ঃ**— হে কেশব ! হে ধৃত বামনরূপ = ধৃত বামনস্য রূপং যেন সম্বোধনং (বামনগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবিবা) হে কেশব ! হে জগদীশ ! হে হরে ত্বং-জয় জয় [ সর্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু। হে অদ্ভুত বামন -(অঙকপা ওইবা বামণ) ত্বং - (ইবুংঙো নহাক্লা) বিক্রমনে - (খোং হেক থাংদোকপা য়াবদা) বলিং অসুরং (বলি কৌবা লাইগী য়েক্লবদুবু) ছলয়সি- (খোং থাফম্ নিদুনা নমথাক তৌবিখিবা নংনি)।

[ ইবুংঙো নংদি করম্বা ] পদনখনীরজনিত জন পাবন পদ নখ নীরেণ (শ্রীচরনগী খুজিন মতোন শোক্লা শিন্থরক্লবা) নীরেণ- (গঙ্গাগী মশক ওইবা ঈশিংদুনা) জনপাবনং লোকপবিত্রং যেন - (জিব পুম্নমকপু শেংদোকপিরিবা ইবুংঙো নংনি)।

**অনুবাদ** ঃ— হে কেশব ! হে জগদীশ ! হে হরে বামনগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবিবা পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু হে অঙকপা ওইবা বামন ! ইবুংঙো নহাক্লা খোং হেক থাংদোকপীবা য়াবদা খোং থাফম নিদুনা লাইগী য়েক্লবা বলিবু নমথাগ তৌবিরি। ঙকলিবদি ইবুংঙোগী শ্রীচরণগী খুজিন মতোন শোক্লা শিন্থরক্লবা গঙ্গাগী ঈশিংদুনা জিব পুম্নমকপু শেংদোকপিরিবনি।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
ভৃগুপতি রূপাবতার স্তোত্রম্।।৬।।

ক্ষত্রিয়রুধিরময়ে জগদপগতপাপম্ ।।
স্নপয়সি পয়সি শমিতভব তাপম্ ।।
কেশব ধৃত ভৃগুপতিরূপ জয় জগদীশ হরে।।

**অন্বয়** ঃ—হে ধৃতভৃগুপতিরূপ = ধৃতং ভৃগুপতিরূপং যেন সম্বোধনং (ভৃগুপতিগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবিবা ইবুংঙো) হে কেশব, হে হরে ত্বং জয় [ সর্বেবাৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] — পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু ।

ক্ষত্রিয়রুধিরময়ে – (ক্ষ ত্রিয়শিংগী ঈগী মশক ওইবা) পয়সি - (ঈশিংদুদা) অপগত পাপম্ যথা স্যাৎ তথা- (পাপ কোকহন্দুনা) জগৎ - (জগৎপু) স্নপয়সি-(ইরুজহনবিরি) [ অমুক্তি করম ওইবা]

শমিত ভব তাপম্ - (সংসারগী মৈচাক অহুমবুসু কোকহনবিদুনা স্নান তৌহনবিরি)।

**অনুবাদ** ঃ— ভৃগুপতিগী মশক লৌদুনা অবতার তৌবিবা ইবুংঙো হে কেশব হে হরে পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু ইবুংঙো নংনা ক্ষেত্রিশিংগী ঈগী মশক ওইবা ঈশিংদুনা পাপ কোকহনবিদুনা অমদি সংসার মৈচাক অহুম্বুসু কোকহনবিদুনা জগৎপু স্নান তৌহনবিরি।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
রঘুপতি রূপাবতার স্তোত্রম্।।৭।।

বিতরসি দিক্ষু রণে দিক্পতিকমনীয়ম্ ।।
দশমুখমৌলিবলিং রমনীয়ম্ ।।
কেশব ধৃত রঘুপতি রূপ জয় জগদীশ হরে।।৭।।

**অন্বয়ঃ** —হে ধৃত রঘুপতি রূপ - ধৃতং রঘুপতে ঃ দাশরথি রামস্য রূপং যেন সম্বোধনং — (রঘু শগৈদা দশরথগী মচা রাম ওইনা অবতার তৌবিবা হে কেশব; ! হে-জগদীশ ! ত্বং জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বৰ্দ্ধস্ব ] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না-চাওখৎশিয়ু।

ত্বং - (ইবুংঙো নহাক্লা) রনে — (লানফমদা) দিক্ষ - (মাইকৈ তরাদা) দিক্পতিরমনীয়ং —(মাইগৈ ঙাকপা লাই তরানা পাম্লিবা) দশমুখমৌলিবলিং = রাবনমস্তকোপহারং (রাবনগী মকোক তরাগী মশক ওইরিবা খুদোনপোৎ) বিতরসি -(তম্বিরি)।[ কীদৃশং — করম্বা খুদোলনো ?] — দিক্পতিকমনীয়ং = ইন্দ্রাদীনাং রমনীয়ং কাম্যং - (মাইগৈ ঙাকপা লাই তরানা থৌরাংলিবা অদুগুম্বা খুদোনপোৎনি)।

**অনুবাদ** ঃ— ইবুংঙো নহাক্লা লানফমদা মাইগৈ তরাদা মাইগৈ ঙাকপা লাই তরানা পাম্লিবা রাবনগী মকোক তরাগী মশক ওইরিবা খুদোন অদু তম্বিরি।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
হলধর রূপাবতার স্তোত্রম্ ।।৮।।

বহসি বপুষি বিশদে বসনং জলদাভম্।।
হলহতিভীতিমিলিত যমুনাভম্ ।।
কেশব ধৃত হলধররূপ জয় জগদীশ হরে।।৮।।

অন্বয়ঃ – হে ধৃত হলধর রূপ = ধৃতং হলধরস্য রূপং যেন সম্বোধনং – (হে হলধর্‌া বলভদ্রগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা) হে কেশব ! হে জগদীশ ! ত্বং জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু । হে ধৃতহলধর রূপ ধৃত বলভদ্ররূপ - (হে বলভাদ্রগী মশক ওইনা অবতার তৌবিরিবা ইবুংঙো)[ত্বং] বিষদে –(ঙৌরবা )বপুষি– (হকচাংদা) জলদাভং= সজলমেঘ সদৃশবর্ণং –চূরমদাইগী নোংগী মচু মানবা । [ পুন কথংভূতং ] - (অমুক্তি করম্বা) হলহতিভীতি মিলিত যমুনাভং– (লাঙ্গোলগী চৈথা কিজদুনা চরন্দা চংজরক্লবী যমুনাগী ঈশিং মচু মাল্লিবা) বসনং (ফীজোন্) বহসি -(থোনবিরি)।

অনুবাদ ঃ– হে হলধরগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা হে কেশব হে জগদীশ পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু। হে বলভদ্রগী মশক ওইনা অবতার তৌবিরিবা ইবুংঙো নহাক্ল ঙৌরবা হকচাংদা চুরমদাই নোংগী মচুমানবা ফিজোন থোনবীরি অদুগা অমুক্লা ফীজোন্দু লাঙ্গোনগী চৈথা কিজদুনা চরন্দা চংজরক্লবী যমুনাগী ঈশিং মচু মাল্লি।

জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
বুদ্ধ রূপাবতার স্তোত্রম্।।৯।।

নিন্দসি যজ্ঞবিধেরহহ শ্রুতিজাতম্ ।।
সদয় হৃদয় দর্শিতপশুঘাতম্ ।।
কেশব ধৃত বুদ্ধশরীর জয় জগদীশ হরে।।৯।।

**অন্বয়** ঃ— হে ধৃত বুদ্ধ শরীরং ধৃতং বুদ্ধস্য রূপং যেন সম্বোধনং – (হে বুদ্ধগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা) হে কেশব ! হে জগদীশ ! ত্বং জয় [ সর্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু হে সদয়হৃদয় =দয়াসহিতাংতঃ করণ– (থৌজান হৈবা ইবুংঙোনা) যজ্ঞবিধেঃ = ক্রতুবিধান সম্বন্ধি-- (যজ্ঞগী বিধানগা মরি-লৈনবা) শ্রুতিজাতং– (বেদগী) বাক্য - - (ৱাহৈ ময়াম অসিবু) নিন্দসি - (নংনা নিন্দা তৌবিরি)। [সোপি কিমিতি নিন্দ্যতে ] –করম্না নিন্দা তৌরিবা ? – নিন্দা তৌবগী ৱারমদু তাকই ওস্লোকপনি ! ওস্লোকপনি ! অহঃ–( থৌজান হৈতেদা) দর্শিতা ঃ পশুঘাত ঃ –(বেদগী ৱাহৈদুনা শা হাত্তোক্লবা তাকই)।

**অনুবাদ** ঃ– হে বুদ্ধগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা হে কেশব ! হে জগদীশ ! ত্বং জয় পুন্নমক্তী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু । হে ! থৌজান হৈরবা ইবুংঙোনা যজ্ঞগী বিধানগা মরি লৈনবা বেদগী ৱাহৈ ময়াম অসিবু নংহাক্না নিন্দা তৌবিরি। মদুদি ওস্লোকপনি ! ওস্লোকপনি ! থৌজান হৈতেদা – বেদগী ৱাহৈসিনা শা হাত্তোক্লবা তাকই অদুনা বুদ্ধনা বেদ বাক্যবু নিন্দা তৌই।

## জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রে
## কল্কি শরীরাবতার স্তোত্রম্ ॥১০॥

ম্লেচ্ছনিবহনিধনে কলয়সি করবালং।
ধুমকেতুমিব কিমপি করালং ।
কেশব ধৃতকল্কিশরীর জয় জগদীশ হরে॥১০॥

**অন্বয়ঃ**— হে ধৃত কল্কি শরীর = ধৃতং কল্কিরূপং যেন সংবোধনং — (হে কল্কিগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা ) হে কেশব ! হে জগদীশ ! ত্বং জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু ।
হে প্রভো ! [ ত্বং ] ইবুংঙো নহাক্না ম্লেচ্ছনিবহনিধনে = ম্লেচ্ছানাং নিবহঃ সমুহ স্তস্য নিধনে-নাশ নিমিত্তং --(ম্লেচ্ছ ময়াম হাৎননবগী মরমদা) কিমপি = অনির্ব্বচনীয়ং (হায়ফম খংদবা) করবালং --(থাংশাং) কলয়সি = ধারয়সি --(পাইবিরি) কিমিব --(করিগুম্না) ধুমকেতুমিব = ঔৎপাতিক তারকা পাতমিব — (করম থোক্লগবনো হায়না খ্বাইনা মিপাইহনবা থব্রালমিচাক মমৈ পানবা অমাগুম্না মিপাইনবা থাংনি)।
**অনুবাদ ঃ**— হে কল্কিগী মশক ওইনা অবতার তৌবিবা হে কেশব ! হে জগদীশ ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু --হে প্রভু ইবুংঙো নহাক্না ম্লেচ্ছ* ময়াম হাৎননবগী মরমদা হাইফম খংদবা খ্বাইনা মিপাইনবা থব্রানমিচাক মমৈ পানবা অমগুম্না মিপাইনবা থাংশাং পাইবিরি।

---

*ম্লেচ্ছ ঃ— ব্রাহ্মন, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং সূদ্র মরিসিগী মাগী-মাগী ধর্ম্মগী খাইনা চৎলিবা নিয়িমশিং ভাকলক্তদুনা ধর্ম্মগী মমি তারক্তবা মীশিংবু ম্লেচ্ছ নি।

# সামুহিক দশাবতার স্তোত্রম্

## সামুহিক দশাবতার স্তোত্রম্ ॥১॥

শ্রীজয়দেবকবেরিদ মুদিতমুদারম্ ॥
শৃণু সুখদং শুভদং ভবসারম্ ॥
কেশব ধৃত দশবিধরূপ জয় জগদীশ হরে॥১॥
ইতি শ্রী গীতগোবিন্দে প্রথমঃ প্রবন্ধ ॥১॥

**অন্বয়** ঃ— হে ধৃত দশবিধরূপ = ধৃতানি দশবিধনি রুপানি যেন সংবোধনং — (মীন, কূর্ম্মনচিংবাগী শকলোন তরা লৌদুনা-অবতার তৌবিবা ইবুংঙো ) হে জগদীশ ! হে হরে ত্বং জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধশ্ব] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু ।

শ্রী জয়দেবকবে — (শ্রী জয়দেব কবিনা) উদিতং - (হায়খিবা) উদারং = মনোহরং-(পুক্লিং হুরবা) সুখদং -(অফবা পীনবা) ভবসারম্- (সংসারগী মচি ওইবা) ইদং গীতং - (ইশৈশি) শৃনু - (তাও) ।

**অনুবাদ** ঃ— মীন কুর্ম্মন চিংবগী শকলোন তরা লৌদুনা অবতার তৌবিবা ইবুংঙো ! হে জগদীশ ! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু । শ্রী জয়দেব কবিনা হায়খিবা ঈশৈশি তাও। ঈশৈদুদি — পুক্লিং হুরবা, নুংঙাইবা পীবা, অফবা পীবা, সংসারগী মচি ওইবা ঈশৈনি। [ভক্ত অমগী মফমদা ভক্ত অমনা হায়খিবনি।] গীত গোবিন্দ মহাকাব্যদা অহানবা প্রবন্ধ লোইরে।

কৃষ্ণায় তুভ্যং নমঃ – (নৃসিংহ ওইনা অবতার তৌবিদুনা হিরন্যকশিপবু শেগাইরগা লানবিরিবা কৃষ্ণা নংবু খুরুমজরি)।

বলিং ছলয়তে = বলিং ছলয়তি [বঞ্চয়তি] ইতি তস্মৈ [বামন রূপেণ] বলিং বঞ্চয়তে তস্মৈ কৃষ্ণায় তুভ্যং নমঃ – (বামন ওইনা আতার তৌবিদুনা বলিবু নমথাক তৌবিরিবা কৃষ্ণ নংবু খুরুমজরি)।

ক্ষত্রক্ষয়ং কুর্ব্বতে = ক্ষত্রক্ষয়ং [ ক্ষত্রিয় নাশনং ] কুর্ব্বতে করোতীতি তস্মৈ [পরশুরাম রূপেণ] ক্ষত্রিয় নাশনং কুর্ব্বেতে তস্মৈ কৃষ্ণায় তুভ্যং নমঃ – (পরশুরাম ওইনা অবতার তৌবিদুনা ক্ষত্রিশিংবু লৌইশিনবীরিবা কৃষ্ণ নংবু খরুমজরি)।

পৌলস্ত্যং [রাবনং] জয়তে = জয়তীতি তস্মৈ [দাশরথী রাম রূপেণ] রাবনং জয়তে কৃষ্ণায় তুভ্যং নমঃ– (দশরথ মচা রাম ওইনা অবতার তৌবিদুনা রাবনবু জয় তৌবিবা কৃষ্ণ নংবু খুরুমজরি)।

হলং কলয়তে = হলং (লাঙ্গনং) কলয়তে (ধারয়তি) ইতি তস্মৈ [ হলধর রূপেণ ] লাঙ্গনধারিবলভদ্রায় কৃষ্ণায় তুভ্যং নমঃ – (বলরাম ওইনা অবতার তৌবিদুনা লাঙ্গন পাইবিবা কৃষ্ণ নংবু খুরুমজরি) কারুণ্য মাতন্বতে = কারুণ্যং (দয়াং)

আতন্বতে (বিস্তারয়তি) ইতি তস্মৈ [বুদ্ধরুপেণ] দয়াং বিস্তারয়তে কৃষ্ণায় তুভ্যং নমঃ-- বুদ্ধ ওইনা অবতার তৌবিদুনা থৌজাল শন্দোকপিরিবা কৃষ্ণ নংবু খুরুমজরি )।

ম্লেচ্ছান্ মুর্চ্ছয়তে = ম্লেচ্ছান মুর্চ্ছয়তি (নাশয়তি) ইতি তস্মৈ [কল্কি রূপেণ ] ম্লেচ্ছান্ নাশয়তে কৃষ্ণায় তুভ্যং নমঃ -- (কল্কি ওইনা অবতার তৌবিদুনা ম্লেচ্ছশিংবু মাঙহনবিরিবা কৃষ্ণ নংবু খুরুমজরি)।

**অনুবাদ** ঃ—হে ! ঈশ্বর !– ঙা ওইনা, থেঙ্গু ওইনা; ওক ওইনা; অমদি মী-লাই-শা অহুমগী অপুনবা মশক ওইবা-নৃসিংহ ওইনা; বামন (মরেপ নেম্বা) ওইনা, ভৃগু শাগৈগী-রাম ওইনা (পরশুরাম); দশরথগী মচা-রাম ওইনা; অমুক্সা লাঙ্গন পাইবা রাম ওইনা; অমুকসু থৌজাল হৈবা বুদ্ধা ওইনা অমসুং কল্কি ওইনা অবতার তৌবিদুনা —বেদ উদ্ধার তৌবিবা ; নঙ্গনদা পৃথিবীবু থম্বীবা (পুবিবা); য়াতোন্দা পৃথিবী পুবিবা; হিরণ্যকশিপু শেগাইরগা লানবিরিবা বলিবু মাইথিবা পিনবা নমথাক তৌবিবা; ক্ষত্রিশিংবু লৌইশিনবিরিবা; রাবনবু জয় তৌবিবা; লাঙ্গন পাইদুনা যমুনা চিংশিনবিরিবা ; থৌজাল শন্দোকপিরিবা অমসুং ম্লেচ্ছশিংবু লোইশিনবিরিবা কৃষ্ণ নংবু (ননাইনা) খুরুমজরি॥

----(০) ----

# জয়দেব কৃত শ্রীকৃষ্ণ স্তুতি

## জয়দেব কৃত শ্রীকৃষ্ণ স্তুতি ঃ॥১॥

শ্রিত কমলাকুচ মণ্ডল ধৃতকুণ্ডল এ ॥
কলিতললিত বনমাল জয় জয় দেব হরে ॥১॥

**অন্বয়** ঃ— শ্রিত কমলায়াঃ কুচ মণ্ডনং যেন সম্বোধনং (লক্ষ্মীগী মায়োক থাফম লৌবিবা হে ইবুংঙো) ধৃতে কুণ্ডলে যেন– (নাপঅনিদা কুণ্ডল য়ানবিবা) হে ! কলিত ললিত বনমাল যেন – হে ঃ (ফজরবা বনমালা থোনবিবা ইবুংঙো হে দেব ! হে হরে ! জয় জয় [সর্ব্বোৎকর্ষেণ বর্ধস্ব ] পুম্ন মক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)॥

**অনুবাদ** ঃ– লক্ষ্মীগী মায়োক থাফম লৌবিবা হে ইবুংঙো, নাপ অনিদা কুণ্ডল থোনবিবা, ফজরবা লৈগী পরেং থোনবিবা হে দেব ! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)॥

জয়দেব কৃত শ্রীকৃষ্ণ স্তুতি ঃ।।২।।

দিনমনিমণ্ডলমণ্ডন ভবখণ্ডন এ ।।
মুনিজন মানস হংস জয় জয় দেব হরে।।২।।

**অন্বয়** ঃ— হে দিনমনিমণ্ডলমণ্ডন সুর্য্যমণ্ডলালংকার — (নুমিৎকী অকোইবদা মঙাল হায়দোরকপগুম্না মঙাল চাওরবা অলঙ্কার থোনবিবা)

হে ভবখণ্ডন = ভক্তানাং সংসার নাশক — (ভক্তশিংগী মফমদা সংসারগী মৈচাক কোকহনবীবা) মুনিজন মানসহংস = মুনিজনানাং মানসে হংস ইব (মুণিশিংগী মানস সরোবরদা কাঙা ওইনা লৈরিবা ইবুংঙো হে দেব ! হে হরে ! জয় জয় [সর্ব্বোৎকর্ষেণ বর্দ্ধস্ব] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

**অনুবাদ** ঃ— নুমিৎকী অকোইবদা মঙাল হায়দোরকপাগুম্না মঙাল চাওরবা অলঙ্কার থোনবিবা, ভক্তশিংগী মফমদা সংসারগী মৈচাক কোকহনবীবা,মুনিশিংগী মানস সরোবরদা কাঙা ওইনা লৈবিরিবা ইবুংঙো হে দেব ! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

## জয়দেব কৃত শ্রী কৃষ্ণ স্তুতি ॥৩॥

কালিয়বিষধরগঞ্জন জনরঞ্জন এ
যদুকুলণলিনদিনেশ জয় জয় দেব হরে ॥৩॥

**অন্বয়** ঃ– কালিয়বিষধরগঞ্জন -(কালি কৌবা হু পুবা) লিনবু ব্বারকপিবা জনরঞ্জন -(পুম্নমকপু পেনহনবিবা) যদুকুলণলিনদিনেশ = যদুকুল এব নলিনং পদ্মং তস্য দিনেশ (সূর্য্য) -(যদু শাগৈনা ওইবা থম্বালগী মফমদা নুমিৎ ওইরিবা ইবুংঙো হে দেব ! হে হরে ! জয় জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] - পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)

**অনুবাদ** ঃ– কালি কৌবা লিনবু ব্বারক্তনা তাম্হোকপিবা; মী পুম্নমকপু পেনহনবিবা যদু শাগৈনা ওইবা থম্বালগী মফমদা নুমিৎ ওইবিরিবা –হে ইবুংঙো ! হে দেব ! হে হরে পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

## জয়দেব কৃত শ্রীকৃষ্ণ স্তুতি ।।৪।।

মধুমুরনরকবিনাশন গরুড়াসন এ
সুরকুল কেলিনিদান জয় জয় দেব হরে ।।৪।।

**অন্বয়** ঃ— মধুমুরনরকবিনাশন = মধু মুর নরক সংঞ্জানাং দৈত্যানাং নাশন -(মধু মুর নরকনচিংবা হিংচাবশিং মাংহনবিা গরুড়াসন = গরুড় আসনং যস্য -(গরুড়না নংগী আসন ওইরিবা ইবুংঙো) সুরকুলকেলিনিদান = সুরকুলানাং দেবসমুহানাং কেলে ঃ ক্রীড়ায়া সুখস্য ইতি নিদাণ আদিকারণ (শোরারেননা চিংবা লাই পুম্নমকপু নুংঙাইহনবিবা (আদিকারণ ওইবা) ইবুংঙো নহাক্লি — হে দেব ! হে হরে ! জয় জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব ] পুম্ন মক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)]

**অনুবাদ** ঃ— মধু মুর নরকনচিংবা হিংচাবশিং মাংহনবিবা, গুরুড়গী মথক্তা লেংখৎপিবা, শোরারেন্নাচিংবা লাই পুম্ন মকপু নুংঙাইহনবিবা (আদিকারণ ওইবা) ইবুংঙো নহাক্লি। হে দেব ! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

## জয়দেব কৃত শ্রীকৃষ্ণ স্তুতি ।।৫।।

**অমলকমলদললোচন ভবমোচন এ**
**ত্রিভুবনভবননিধান জয় জয় দেব হরে ।।৫।।**

**অন্বয়** ঃ— হে ! অমলকমলদললোচন = অমল কমল দলবত্ (নির্মল পদ্ম পত্রবত্) লোচনে যস্য —(মক্ত্রবা থম্বাল লৈনাগুম্না মক্ত্রবা মীৎ অনিনা ওইবা) হে ! ভবমোচন = হে ! ভবমোচন সংসার ভঞ্জক — (সংসারগী মায়া কোকহনবিবা) ।

ত্রিভুবনভবননিধান —(মরোল অহুমগী মশক ওইবা য়ুমগী য়ুমফম ওইবা) হে দেব ! হে হরে ! জয় জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

**অনুবাদ** ঃ— মক্ত্রবা থম্বাল লৈনাগুম্না তরু তরুবা মীৎ অনিনা ওইবা হে ! ইবুংঙো সংসারগী মায়া কোকহনবিবা; মরোল অহুম্না ওইরিবা য়ুমসিগী য়ুমফম ওইবিরিবা হে দেব ! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

## জয়দেব কৃত শ্রীকৃষ্ণ স্তুতি ।।৬।।

**জনকসুতাকৃতভূষণ জিতদূষন এ ।।**
**সমরশমিতদশকন্ঠ জয় জয় দেব হরে ।।৬।।**

**অন্বয়ঃ—** জনকসুতাকৃতভূষন = জনকসুতায়া ঃ সীতায়া ঃ কৃত্ং ভূষণং যেন—(জনক নিংথৌগী মচা ইবেম্মা সীতাগী মবুংঙো ওইনা লৈতেংবিবা - হে ! ইবুংঙো)।

জিতদূষন = জিতো দূষন নামা রাক্ষসো যেন — (দুষন কৌবা হিংচাববু জয় তৌবিবা) সমরশমিতদশকন্ঠ = সমরেতি সমরে সংগ্রামে সমিতো মারিতো দশকন্ঠো যেন —(লানফমদা মকোক তরা পানবা রাবনবু হাৎপিবা) হে দেব ! হে হরে ! জয়· জয় [সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধস্ব] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু ।

**অনুবাদ ঃ—** জনক নিংথৌগী মচা ইবেম্মা সীতাগী মবুংঙো ওইনা লৈতেংবীবা—হে ইবুংঙো ! দূষন কৌবা হিংচাববু জয় তৌবিবা, লানফমদা মকোক তরা পানবা রাবনবু লৌইশিনবিবা হে দেব ! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

## জয় দেব কৃত শ্রী কৃষ্ণ স্তুতি।।৭।।

অভিনবজলধরসুন্দর ধৃতমন্দর এ ।।
শ্রীমুখচন্দ্রচকোর জয় চয় দেব হরে ।।৭।।

**অন্বয় ঃ—** অভিনবজলধর = অভিনবজলধর সুন্দর - (চুরমদাইগী নৌহৌননা মংবা নোংগুম্না নিংথিবা) ধৃতমন্দর = হে ধৃতো মন্দরাচলো যেন -- (মন্দার কৌবা চীং পুবিরিবা শ্রীমুখচন্দ্রচকোর = লক্ষ্মীঃ মুখং এব চন্দ্র তস্য চকোর -- (লক্ষ্মীগী মাইথোং থাগী নোংইন ওইবিবা ইবুংঙো হে দেব ! হে হরে ! জয় জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বর্দ্ধশ্ব ] পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু।

**অনুবাদ ঃ—** চুরমদাইগী নৌহৌননা মংবা নোংগুম্না নিংথিবা , *মন্দার কৌবা চীং পুবিরিবা , লক্ষ্মীগী মাইথোং থাগী নোংইন ওইবিরিবা হে দেব–! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

---

* লাই-হিংচাব পুন্না অমৃত ফংনবা সমুদ্র নৈবা হাক্তক্তা নৈনবা চৈ (দণ্ড) ওইনা শিজিন্নখিবা চীং অমা।

## জয় দেব কৃত শ্রী কৃষ্ণ স্তুতি॥৮॥

তবচরণেপ্রণতা - বয়মিতি ভাবয় এ
কুরু কুশলং প্রণতেষু জয় জয় দেব হরে॥

**অন্বয়** ঃ— [এবংভূত] হে হরে —(অসুমতৌনা জগৎকী মপু ওইবিরিবা হে হরে) তবচরণেপ্রণতা = তব চয়ণে বয়ং প্রণতা —[ ইবুংঙো নহাক্কী চরন্দা ঐখোয় পুন্নমক্লা (ননাই ঐনা) খুরমজরি ] ইতি ভাবয় — (মসি খংবিয়ু)।

কুরু কুশলং = কুশলং (কল্যাণং) কুরু প্রণতেষু-- (খুরমজরিবাশিংদা মঙ্গলবু — পীনবিয়ু) হে দেব ! হে হরে ! জয় জয় [ সর্ব্বোৎকর্ষেন বদ্ধস্ব ] পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২) ]

**অনুবাদ** ঃ—হে ইবুংঙো ! নহাক্কী চরণ শোক্লা খুরুমজরিবা ননাই ঐখোয়নি । খুরুমজরিবা ঐখোয়দা মঙ্গল পীনবীয়ু হে দেব ! হে হরে ! পুন্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু (২)।

জয়দেব কৃত শ্রীকৃষ্ণ স্তুতি ॥৯॥

শ্রী জয়দেব কবেরিদং কুরুতে মুদম্॥
মঙ্গলমুজ্জল গীতম জয় জয় দেব হরে॥৯॥
ইতি জয়দেব কৃত দশাবতার স্তোত্রম্॥

**অন্বয়** ঃ— হে দেব ঃ হে হরে । জয় জয়-(জয় ওইবিয়ু ) [ইতি -(অসুম্না) প্রার্থয়তে —প্রাথনা তৌজরি)] শ্রী জয়দেব কবে — (শ্রী জয়দেব কবিনা) ইদং মঙ্গলং = ইদং মঙ্গলম্ উজ্জলম গীতম্ [ উদিতং ] — (অদিগুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইবা মক্ত্রবা ঈশৈশি হায়বিরি)

শ্রোতৃনাং মুদং (হর্ষং) কুরুতে— শ্রোতৃনাং—(তারিবশিংগী) মুদং — (হরাওবা) কুরুতে — (তৌরি) হে দেব ! হে হরে ! জয়-জয় —(জয় ওইবিয়ু ! জয় ওইবিয়ু)

**অনুবাদ** ঃ— হে দেব ! হে হরে ! পুম্নমক্তগী পুমহেন হেন্না চাওখৎপিয়ু। শ্রীজয়দেব কবিনা হায়রিবা (শকলিবা) মঙ্গলগী মশক ওইবা, মক্ত্রবা, মুৎপা-নাইররোইদবা ঈশৈশিনা অতাবশিংগী হরাওবা — নুংঙাইবা পীনবা ওইসনু হায়না প্রার্থনা তৌজরি ।

মতাংসিদা শ্রীজয়দেব কবিগী দশঅবতার স্তোত্র লোইরে॥

ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ-

১। গোবিন্দলীলামৃতম্

২। অষ্টকালীয় লীলা সংগ্রহ ঃ

মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লবা ফোঙলগদবা লাইরিকশিং ঃ-

১। শ্রীমদভাগবতম্ (একাসশ স্কণ্ড, দ্বাদশ স্কণ্ড)

২। শ্রীহরি লীলামৃতম্

৩। প্রেমভক্তিচন্দ্রিকা

৪। শ্রীমদ্ভগবতগীতা

৫। সর্ববেদান্তসিদ্ধান্তসারসংগ্রহ

৬। নোংমদা তৌগদবা হৌনা-লিচৎ পথাপ

৭। শিবরাত্রিব্রতম্